# খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী

## ড্রামা অহুম

"কনাগীদমক্লো"

"কৈশুমশঙদা রাধা"

"ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি"




মণিপুরী লিতরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

" খুন্দোংবম ইতোচা
লাইরৈবাক তানখ্রবা
নুংশিজরবা ইপা ইবুংঙোগী মফমদা তমজরি
নচাগী সাহিত্যগী খুদোল

"কনাগীদমক্লো"
"কৈশুমশঙদা রাথা"
"ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি"

ফোংজবী ঃ

খুন্দোংবম ওংবী লৈনা (রাইনা)

য়াংখৈ নিংথেম পুম্রি মপাল, ইম্ফালদা লৈবীনা

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক

লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফালদা নম্নগা ফোংজবা।




মমল লুপা ঃ ৮০/-

অহানবা ফোংবা ঃ ২০০১ ইং

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

"কনাগীদমক্লো"

"কৈশুমশঙদা রাধা"

"ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি"

ড্রামা অহুম য়াওবা "কনাগীদমক্লো" হায়না মিংথোনবা ড্রামাগী লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা লাহোকচরে। লাইরিক অসিবু "মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি" গী মিংদা ফোঙবা য়াহনবীবগীদমক অইবনা সোসাইটি অসিদা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি লোয়ননা সোসাইটি অসিনা মতম শাংনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌবা ঙম্মনবা ঈশ্বরগী মফমদা নীজরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা "কনাগীদমক্লো" অমদি "ইচগী মরাল নত্তে, ঐগীনি" হায়রিবা ড্রামা অনি অসিদি রূপমহল থিয়েটর, ইম্ফালনা মায়পাক্লা কয়ারক হুন্না শান্নবীখ্রবা ড্রামাশিংনি। "কৈশুমশঙদা রাধা" হায়রিবা ড্রামা অসিমদি ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালদা শন্দোকপীখ্রবা ড্রামা অমদগী ক্ষমপাক ড্রামা ওইনা ইথোকচবনি।

মমা মপানা মচাশিংদা অচান মীরাই নায়দনা, অথিবা মচাবুসু ফজনা উবীবা, সোয়নায়রবা মচাবুনা হেন্না চ্যেকশিনবীবগুম, ঐনা ইজখিবা ড্রামা পুন্নমক চপ মান্ননা উজবনিনা করম্বা ড্রামানা হেন্না ফজবা, করম্বানা ফজদবা, ফজবা ফজদবা, অফ-ফত্তগী ৱারেপতুদি মীয়াম্না পারগা লেপ্পীনবা মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরে।

লাইরিক অসিবু নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ঐগী নুংশিজরবা ইনাও মঙ্গি সিংহ, লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লমপাক, ইম্ফাল অমদি প্রেস অসিমক্কি ইচিন ইনাওশিংবুসু অইবনা ওমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

*অইবা*

ড্রামাশিংসিগী মরমদা ইবিরকখিবাশিংবুসু অইবনা তৌবিমল খঙবা উথ্রকরি।

*সীমান্ত পত্রিকা*

*৮/৫/৯৮*

খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী "কনাগীদমক্লো" হৌজিক্কি মণিপুরী সমাজদা থোক্লিবা চনৈনরবা অমসুং তমথিরবা হিংসা য়াওবা সমশ্যা ময়াম অসিগী মতাং মচেৎ অমগী শক্তম লাংবা ড্রামানি।

*নহারোলগী থৌদাং*

*১৩/৫/৯৮*

. . . অইবনা পনখৈ শেল্লবা মিথয়েং অমগী মনুংদা মণিপুরগী ফোং ফোং শানা বাপুন ওইরিবা নীংতম লালহৌগী খোংচৎ অসিনা পীরিবা নুংগী চৈথেংদুগী মরমদা অচুম অরাল থীবা লীলানি "কনাগীদমক্লো"।

*হুইয়েল লানপাউ*

*৮/৫/৯৮*

পুলিসিদা তোঙান তোঙনবা অর্দশ কয়াগী মুক্লবা ঐথোয়গী ইরক্তা ঙসি তরং তরংনা উরি। . . . "চৎকদবা লম্বেল অমগী অচুম-চুমদ হায়বসি চৎলিবা মীশক অদুনা লেপচগদবনি।" খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী অনৌবা ড্রামা "কনাগীদমক্লো" হায়বদুদা হায়রি। তোঙান তোঙনবা অর্দশ অনিগী মুক্লবগী য়ুমফমদা শাগৎপা ড্রামানি।

*খোয়াও*

৭/৫/৯২

"ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি" হায়বা খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোনা লেংবা... ড্রামা অসি নিংথিনা (ইমুং-মনুং) ইদুকেসন অমসুং সোসিয়েল ইদুকেসন পিবা ড্রামা অমনি হায়নিংই।

*পোক্লকম*

৩/৬/৯২

কলাগী মীথয়েংদগী নাথেরগা থিয়েটরবু মাস কম্যুনিকেসনগী মেদিয়ম ওইনা য়েংবা তারবদি... "ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি," হায়বসি মায় পাকপা অফবা ড্রামানি হায়নিংঙি। ড্রামা অসি হৌবদগী লোয়বা ফাওবদা নুংঙাইনবা মচাকশিং নিংথিনা হাপতুনা অয়েংবশিংদা পিনিংঙিবা মেসেজ অদু ভাব তানা য়ৌহনবা ঙম্মী।

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা সাহিত্যগী সেবা তৌজরকপা চহি তরামঙা মপূং ফারে। সাহিত্যবু পামজবা নহা ওইরিবা অইবা অইবী কয়ানা খৃঃ ১৯৮৫ দা লীংখৎখিবা সংস্থান অসি ঙসিদি মায়াম্না থোইদোক্না শকখঙবীরে; সাহিত্য অকাদমি নঙ্গী দিল্লীনা শকখঙলবা সংস্থান অমসু ওইরে লেমজনীংঙাই ওইবা সাহিত্যগী মনা কয়া সংস্থান অসিগী মেম্বরশিংদা পীবিরক্নি। সোসাইটি অসিগী পান্দমদি মতমগী মিহুল তাকপা ঙম্বা সাহিত্যগী লাইরিক কয়া পুথোক্লুনা মীয়ামগী সেবা তৌজবনি অমদি অইবা অইবী মশিং হেঙ্গৎহনবনি। পান্দম অসিগী মখাদা সোসাইটিনা 'সাহিত্য লৈচল' চেফোঙ পুথোক্লুনা নৌনা ইবগী লমদা খোঙদারক্লিবা অইবা অইবীশিংগী মফম থমলি। মসিগা লোয়ননা হৌজিক ফাওবদা সোসাইটিনা ৱারীমচাগী লাইরিক মঙা শৈরেংগী লাইরিক মাপল পুথোকখ্রে। অসুন্না অইবা অইবী কয়াদা মশানা ইবা লাইরিক ফোঙদোকহন্নবা থৌইনশিন পীজুনা লাক্লি।

চখজরক্লিবী খোঙথাং অসিদা হন্দক পুথোকচগদৌরিবা শ্রী খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী 'কনাগীদমকনো' হায়না মিংথোনবা ড্রামা অহন্না পূনশিনবা লাইরিক অসি সোসাইটিগী তরাতরুকশুবা লাইরিক্নি। ৱারীমচা অমদি শৈরেংগী ঈচেল কন্না চেষ্টরবসু ড্রামাগী লাইরিক পুথোকপা হায়বসি মণিপুরী সাহিত্যদা তপ্লপ চেল্লিবা ঈচেলনি। অদুবু মতম খরা অসিদদি অকনবা ঈচেল অমা ওইনা ড্রামাসু চেষ্টরক্লি হায়বা য়াই। শ্রী ব্রোজেন্দ্রো মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা মশক তাক্লীংঙাই ওইদ্রবা ড্রামাটিষ্ট অমনি। রেডিও প্লে অমদি ফম্বাক লীলা ইবদা মীয়াম্না শকখঙনরবা অইবনি। পুথোক্লদৌরিবা ড্রামা অহমগী লাইরিক অসিগী মমাংদা ড্রামাগী লাইরিক নিপাল পুথোকখ্রবনি। হৌজিক অইবগী পূন্না লীলা ১১ শুরে। অইবগী লীলাশিং অসিদা হৌজিক্কী চৎনরিবা সমাজগী মশক, মমি তাহন্নবা হোৎনরিবা অসি কদায়ফাওবনো হায়বসি অপাবশিংনা য়েংবিয়ু। মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈদা ড্রামাগী লাইরিক অমা হাপচন্‌বা ফংজবা অসিগী নুংঙাইজবগা লোয়ননা ময়ামগী মফমদা সোসাইটিনা লাইরিক অসি শিন্নজরি।

ইম্ফাল
২৮, ওক্টোবর, ২০০১ ইং।

কোইজম শান্তিবালা
জেনরেল সেক্রেটরী
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

## মনুংগী লমায়শিংদা

"কনাগীদমক্লো"

ড্রামাসিদা শক্তম লায়লিবশিং

নুপা

১। বীজয় - অহল অমা
২। মংলেম - বীজয়গী মচানুপা অহল, উকিল
৩। চীংলেন - বীজয়গী মচানুপা য়াইমা, পুলিস ইন্সপেক্টর
৪। থাংলেন - বীজয়গী মচানুপা অতোম্বা, ডোক্তর, নহারোল
৫। মাধব - নম্বর ফোর কারবার তৌবা
৬। মোহোন - নহারোল অমা

নুপী

১। সোরো - বীজয়গী নুপী
২। মালিকা - মংলেমগী নুপী
৩। বীনো - চীংলেনগী নুপী

'কনাগীদমক্লো'

রূপমহল থিয়েটর, ইম্ফালনা অহানবা পুথোকপিখিবা

এপ্রিল তাং ১৪, শক ১৯৯৮

চৈরাওবা নুমিৎ

ড্রামাসিদা শক্তম লাংবীখিবা রূপমহল থিয়েটরগী কলাকারশিং ঃ

নুপা ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | বীজয় | এলঃ ইমোবী |
| ২। | মংলেম | চীরোম বীরেন |
| ৩। | চীংলেন | এমঃ ভুপেন |
| ৪। | বাংলেন | এসঃ বীশ্বনাথ |
| ৫। | মাধব | ওইনাম জয় |
| ৬। | মোহেন | আরঃ কেঃ জয়স্না |

নুপী ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | সোরো | প্রেমিলা দেবী |
| ২। | মালিকা | মীনাকুমারি দেবী |
| ৩। | বীনো | বিজয়া দেবী |

ক্রিডিটস ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মেক অপ | জাদুমনি |
| ২। | মিউজিক | কুল্লা সিংহ |

ডাইরেক্টর

ওইনাম বিরমঙ্গল সিংহ

## অহানবা তাঙ্কক
## অহানবা উৎপা

*ময়ায়ওইরপ চাওবা কা অমনি। য়েৎ-ওইদা থোঙজাও অমমম লৈ। ফক্লাংদা অঙাং য়েকপা কেলেন্দর অমা থেৎলি। চাওনা লাংবা পর্দা থোঙজাওশিংদা য়ান্দুনা লৈ। কাগী ময়াই ওইরপ সোফাগী ডবল অমদি শিঙ্গল অমমম, ময়াইদা তেবল অমা, কাগী য়েৎথংবা কাচিন্দা ময়াইওইরপ অৱাংবা তেবল অমা চৌক্রি অমা। তেবল মথক্তা লাইরিক খরা টেলিফোন অমা লৈ।*

*বীজয় সোফাদা ফম্মগা খবর অমা য়েংদুনা লৈ, সোরো চা গ্লাস অমা পায়রগা থোরকই। বীজয়গী মমাংদা তেবলদা থম্মী।*

সোরো ঃ মোইপাবুঙ চা লৈরে।

(সোরো চংখিগে তৌই, বীজয় খবর থম্মী)

বীজয় ঃ সোরো, ঙাইখো, ঐখোয় অনি য়ান্না লুবা ৱাফম অমা খন্নদবা য়াদ্রে।

সোরো ঃ (হঙ্জিল্লক্লগা) করি ৱাফন্নো?

বীজয় ঃ ফম্মু।

(সোরো ফম্মী)

নচানুপা ৱাংলেনসে ময়ুম পালহন্নবা তৌরসি, মৌ অফবা অমত্তা থিয়ু।

সোরো ঃ (হৌগৎলগা) য়ান্নগা লুবা ৱা ওইরবোই নিংঙুই, অদুগী ওইরে।

বীজয় ঃ করিনোনে নঙনা ঙাংঙিবা ৱাদুবো সোরো? ঐনা হায়রিবা ৱাসে য়ান্না লুবা ৱানিনে, ইচানুপা অহমগী মনুঙদা মাদ ঙায়রেনে য়ুম পান্দ্রিবসে। ইমৌ অনি অমদি ওজা ঙাক্তা ওইরেদনা, ইচা ডাক্তরগীদি ইমৌসু ডাক্তর থিসি। অদুদগীদি তোঙান তোঙান পীজথোকখ্রসি শান্তি ফংননবা।

সোরো ঃ কদোমদগী থোক্লো অমুক তৌখৎলকইসিনা?